# ইমাগী পূজা

হিজম ইরাবত সিংহ




লাঙ্গোল

পাওনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

# IMAGI PUJA

Hijam Irawat Singh
Published by:- Langol, Imphal.


ফোঙজবা ঃ- লাঙ্গোল,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

ফোঙবা চহি ঃ- জানুয়ারি, ২০০৫ ইং

মমল ঃ- লুপা ৮৫.০০

Cover design:- Kshetrimayum Santa
Printed and Published by :- Laishram Sotinkumar
on behalf of Langol at
Safex Computerised Press
Opp. Khurai Girls H/School
Lamlong Bazar, Imphal.




# য়াউরিবশিং

# ব্রাহৌদোক

"ইমাগী পূজা" জননেতা হিজম ইরাবত সিংহনা শ্রীহট্ট জেল মনুংদা লৈরিঙৈ খৃঃ ১৯৪১-৪৩ ইংদা ইখিবা শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক অমনি। লাইবক থীবদি, শৈরেং লাইরিক অসি চহি ৪৪ চুপ্পা ফোংদোক্তদুনা লৈরক্লুবা মতুংদা *ইবাবত লাইরিক ফোঙবা লুপ*, ইম্ফালনা মীয়ামগী মতেংদগী খৃঃ ১৯৮৭ ইংদা শৈরেং লাইরিক ওইনা ছাপা তৌদুনা ফোঙদোক্কুনা মণিপুরী সাহিত্যগী অখন্নবা লৈচল অমা ওইনা খুদোল তৌরকখি। মদুনা মপান নাইদ্রবা মণিপুর সাহিত্যগী লনগৈদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংবু অরাংবা থাক অমদা পুখৎলকখি।

ইরাবতকী "ইমাগী পূজা" অসিগী অহানবা ফোঙবগী ব্রাহৌদোক্তা অরাম্বম ওংবী ইবেমহলনা অসুম্না ইরি– "মহাক্কী পুন্সিদি থবক্নি, থবক্কী পুন্সিনি। মহাক্কী সাহিত্য ঙহাক পোত্থানবা নত্তে, পুন্সিগী অকনবা লানফমদা নুপা থোক্লা নোমনবগীদমক্নি। অদুনা মহাক্কী সাহিত্যগী য়ুম্ফমদি পুন্সিগী কদ্রক কদ্রক লাওবা অশেংবা ফিভম (Crude facts of life) অসিনি। পুন্সিদা থেংনরকপা এক্সপরিয়েন্স কয়ানা মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওহনখিবা ঈহুল কয়াদুবু শং শং ওইনা ইদুনা থনমই।" মহাক্লা মখা তানা ইখি "মহাক্কী থাংদগী হেন্না থৌরবা কলমগী মপান্না লৈবাক অসিগী মীচম প্রজানা নিংথৌ, অঙম অথৌগী মায়য়োক্তা থৌনা ফনা লেপখি। মতম অদুগী ফিউদেল সমাজগী হৌন-লোনচৎকী মমিনা মীচম প্রজাশিংগী ব্রাখলবু লুমশিন্দুনা থনমবদু ঙানথোকহনখি। অদুগুম্বা ফিউদেল সমাজগী শক্তম অদুবু থুপচিন্দুনা ইরাবতনা অনৌবা মণিপুর অমগী লামায় হাংদোকখি।"

হৌজিক্তি "ইমাগী পূজা" অসি মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা ক্লাসিক ওইরবা শৈরেং লাইরিক অমা ওইরে। মসি ফোঙদোক্লবা মতুংদা মহাক্কী পোইটিক ফিলোসোফি, মহাক্কী বিপ্লবকী লম্বী অসি ময়েক হেন্না শেংলক্লে। মহাক্কী সাহিত্য অসি শুরি নোম্লিবা অমদি ওৎপীরবশিং খক্তগী নত্তনা মানবতাগী লম্বীদা শান্তি পুরক্লবা অচৌবা খুৎলাই অমা ওইরক্লে। মসি খঙলক্কুনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ইরাবত্তা লেমজনিংঙাই

ওইরবা "কবিরত্ন" হায়বা মীংথোল অসি পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রে। মহাক্তি কবিরত্ন খক্তা নত্তে মণিপুরগী অথোইবা রত্ননি।

"ইমাগী পূজা" লাইরক অসি "লাঙ্গোল" গীদি ইহান হান্না ফোঙবা লাইরিক্নি। "লাঙ্গোল"গী পান্দমদি ইরাবতকী লাইরিকশিং খক্তা ফোঙবা নত্তে: সাহিত্য, কলা-সংস্কৃতি, রাজনিতী, সমাজ নৈনরোল অমসুং রিভোল্ট ষ্টদিজগী লাইরিকশিং ফোঙবদা নত্তনা সমাজ হোংহন্নবা হোৎনবদা মতেং পাংবসু য়াওরি। "লাঙ্গোল" হায়রিবা মিং অসি বিপ্লবী কবি কাজি নজরুল ইস্লাম্না ভারত নিংতম্বগী অন্দোলনদা মতেং পাঙনবা ফোঙলমবা চেফোঙ "লাঙ্গোল" অমসুং ইরাবতনা মহাক্কী লাম্বেং চঙশিন্নবা লম্বী য়াৎলকপা হৌরকপদা মণিপুর ড্রামাতিক য়ুনিয়নগী এমব্লেম ওইনা "লাঙ্গোল কারন" মশামক্না হক্কুনা থম্লম্বা অমসুং থেংলম্বা অদুদগী লৌদুনা মিং থোনজবনি।

"ইমাগী পূজা" খুৎনম অসিগী পান্দমদি মণিপুরগী রত্ন ওইরবা, মীয়াম্না নুংশিনা জননেতা হায়না শক্ন-শোন্নরিবা অনৌবা মণিপুরগী লুচিংবা ইরাবতকী মশাগী খুৎইগা লোয়ননা শৈরেং লাইরিক অসি ফোঙদুনা অপাবশিংদা খঙহনবা, অহানবা খুৎনমদা নম্বদা চিথহৌবা শৈরেং "ভারতবাসিগী" অমসুং মহাক্না শ্রীহট্ট জেলদা লৈরিঙৈদা খুনবা শৈরেং "বন্দিগী পুন্সি" হায়বা অনী অসি হাপচিন্দুনা ফোঙদোকপনি। লোয়ননা অইবনা শেম্লম্বা মশাগী সেরিএল কায়দনা শৈরেংশিংসি নম্বনি। হৌজিক্কী খুৎনম অসি হান্নগী খুৎনমদগী ইনৌ নৌবা মওং অমদা ফোঙদোকপা লাইরিক্নি। খুৎনম অসিনা অপাবশিংদা হেন্না খুৎলোয়হনগনি।

ইম্ফাল,

তাং ১।১।২০০৫ ইং। অফোঙবা

# জননেতা হিজম ইরাবত

১৮৯৬ ইংগী সেপ্তেম্বর তাং ৩০ য়ুমশকৈশ নুমিৎতা পীশুম ওইনাম লৈকাইদা হিজম ইরাবত পোকখি। অপোকপা হিজম ইবুংঙোহল ইরাবতনা মীয়োল তাদ্রিঙৈদা লৈখিদ্রে। মমা ইবেম্মা গোংথাম নিঙোল থম্বালঙাংবীসু নৌরিবী ইরাবতপু সৌগাইজম ওংবী মচল ইবেম্মা ইবেতোম্বীদা শিন্নরম্লগা তাইবংপান থাদোকখি।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লুচিংবা অমা ওইবগী পীথোরকপা মগুণগা লোয়ননা হৌরকই। অঙাং ওইরিঙৈ জোনষ্টোন হায় স্কুলদা ক্লাস ফাইভ তমলিঙৈদা ওজা অমনা ছাত্র অমবু খোংপাকনা কাওদুনা ফুখি। ইরাবতনা লুচিংদুনা ষ্ট্রাইক তৌখি অমদি ওঝা অদুবু লাল্লে হায়জহনখি। মসি মণিপুরগী অহানবা ছাত্রশিংগী ষ্ট্রাইকনি। জোনষ্টন হায় স্কুলদা ক্লাস সভেন ফাওবা তমলগা ঢাকাদা মখা তমথনবগীদমক্তা চৎখি। মফম অদুদা ক্লাস নাইন ফাওবদমক তমলগা ১৯১৫ ইংদা ঢাকা থাদোকতুনা তখেলদা চৎখি। মফম অদুদা মতম খর লৈরমলগা মণিপুরদা থোরকখি।

ইরাবত মণিপুরগী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনরম্বা লময়ানবা মীওই অমনি। লোন অসিগী অহানবা চেফোং 'মৈতৈ চনু' মহাক্না ইডিটর ওইদুনা পুথোকখি। মণিপুর সাহিত্য পরিষদগী অহানবা জেনেরেল সেক্রেটরীনি। শান্নবগী অহানবা ওর্গেনাইজেসন 'ইম্ফাল টাউন ক্লব' কী ফাউণ্ডর মেম্বরনি। মহাক মশামক ফুটবোল, হোকি, ক্রিকেট নিংথিনা শান্নবা হৈরম্মী। ইরাবত মশক নাইবা একটর অমসু ওইরম্মী। মণিপুর ড্রামাটিক ইউনিয়নগী ফাউণ্ডর মেম্বরনি। 'অরেপ্পা মরুপ', 'নরসিংহ' অমসুং 'দেবলা-দেবী' দা মরুওইবা পার্ট লৌখি। এম. ডি. ইউ. গী সিম্বোল 'লাঙ্গোল-কারল' ইরাবতনা পুথোক্লম্বনি।

১৯৩৪ ইংদা ইরাবতনা মতম অদুগী লাইরিক লাইসু হৈবা, য়াইতোং খমদোংবা, অঙম-অথৌ অমদি নিংথৌ পুম্নমক খোমজিন্দুনা নিখিল হিন্দু মণিপুর মহাসভা হায়বা ওর্গেনাইজেসন অমা লিংখৎলম্মী। মসিগা লোয়ননা খুঙ্গংগী য়ুম্ফম ওইবা লৌমীগী ওর্গেনাইজেসন কৃষি সম্মেলনী লিংখৎলম্মী। মহাসভা অসিগী মতেংনা মতম অদুগী অমাং-অশেংগী, ধর্ম্মগী মিংদা লৈরম্বা অওৎ-নৈ পুম্নমক মুৎথৎলম্মী। মহাসভা অসিনা ব্রহ্মদেশতা, কাছারদা অমদি ত্রিপুরাদা মীফম কয়া ফমদুনা হায়রিবা খা-নোংপোক এশিয়াগী লমদমশিং অসিদা চোয়না চোয়না খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরবা মৈতৈশিংবু খোমজিন্নবা হোৎনরম্মী। মহাসভা অসিনা সমাজগী অমোৎপা শংনা শংনা লৈঙাক্লোনগী অমোৎপা শেংনবা লম্বীদা চংশিল্লকখি। মতাং অসি য়ৌরকপদদি হান্নগী নিংথৌ, অঙম অথৌ, ফমনাই-তুনাইবা পুম্নমক মহাসভাদগী তোক্লখ্রে। দরবারনা সরকারগী ফমনাইবা অমতা মহাসভা য়াওবা য়ারোই হায়বা চে থোক্লকলে। ইরাবততি করিসু নাচুংবা তৌদনা মীনা কলক্লরবা সদর পঞ্চায়েৎকী ফম থাদোকখি। মাগী নুপী মজা ইবেম্মগী লৌচা পুম্নমক হুন্দোক্লমলগা লৌমী মরক্তা লৌমীগী ফি শেত্তুনা লৌমীগী চিঞ্জাক চাদুনা তুমীৎ কাং মরকতা পুন্সি লেনবা হৌরকখি।

মতম অদুগী ফিউদেল সমাজগী অওৎ-অনৈ কয়া-অমাং-অশেং, ফৈজোম কুনজা কাওদুনা চৎপা য়াদবা, ছাটিন তুপ্তুনা চৎপা য়াদবা, পাচ-নাপেৎ, চন্দন শেনখায়, য়াইরেক-শন্ত্রি, পিয়ন আমিনগী চাক-থাক, পোথাং বেগার, দোলায়রেং পুম্নমক অসিগী মায়োক্তা ইরাবত অমসুং মাগী লমজীং মখাদা লিংখৎখিবা ওর্গেনাইজেসন কয়াগা লোয়ননা নন-কোওপরেসন মুভমেণ্ট চথরক্লম্মী। ইহৌ অসিদা মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্না মতেং পাংদুনা অওৎ-অনৈ কয়াবু মরু ফংনা মুখৎলম্মী।

অসিগুম্বা মতম অসিদা মীরৈপাক কারবাররালাশিংনা মণিপুরগী মপান্দা অতৎপা লৈতনা চেং থাদোকখিবদগী চানিংঙাই লৈরক্তবদগী নুপী ময়াম হৌরক্কুনা ১৯৩৯ ইং ডিসেম্বর ১২গী 'নুপী লান' থোকখি। নুপী লিশিং কয়ানা হৌবা লান মায় পাকখি। অদুবু লাল্লক অদুদা পাঙ্গল শোনবী নুপীশিংদা বৃটিশ সরকারগী সিফাইনা নোংমৈ তোল্লিনা ফুখি, সঙ্গীন্না থিনখি। মসিগী মায়োকতা পাংথোকপা মিটিং অমদা ইরাবতনা 'ঐখোয়না চেং খুয়া অমখক নিরুবদা ঈ খুজোক অনি ওইনা পীরকলে ...... ঐখোয়না ঈগী লমন খুমগদবনি ...... ......' হায়রুবগী খুদোংচাবা লৌদুনা মহাকপু ইম্ফাল জেলদা ফাজিন্দুনা থমখি।

জেলদা ফাদকশিংবু তমথিনা মীনুংশি য়াওদনা ওৎপী-নৈবীরম্বা অমদি মী নম্রবগুম শা-ঙাগুম থম্বীরম্বা উবদা ইরাবতকী থম্মোই শোকখি। মানা লুচিংদুনা ফাদক পুম্নমক স্ট্রাইক হৌহনখি, চুমদবা নীতি নিয়ম কয়া নমদুনা চুমথোকহনখি। ফিভম অসি উবদা মহাকপু সিলেৎকী জেলদা থৈদোকখি।

সিলেৎকী জেলদা ইরাবতনা মার্ক্সিজম নৈননবগী মতম মরাংকায়না ফংখি। মহাকপা নহান মখৈ খল্লম্বা, উজরম্বা অমদি পাংথোকলম্বা পুম্নমক মার্ক্সিজমগী মনুংচন্দুনা লৈরম্বা অদু থেংনখি। মফম অদুদগী মহাক ভারত কমিউনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর ওইরকখি। ১৯৪৩ ইংদা মহাক জেলদগী থোরকখি। পংকুই কুইদনা অমুক হন্না ফাননবা ৱারেন্ট থোরকতুনা অন্দরগ্রাউণ্ড চংখি, ইরাবত অমুক হন্না ফাখি। জেলদগী থাদোকলক্লগসু ইরাবতপু মণিপুরদা চংবা য়াহনখিদে। ১৯৪৬ ইংদা মণিপুর চংবা য়াখি। হেক চংলকপগা পোত্থাবা তৌদনা থবক মখা চংসিনবা হৌরকখি। মহাক্কী মরুওইবা খোল্লাওদি 'লাঙ্গোল পায়বনা লৌগী মপু ওইগদবনি, লৌয়াম চাবা মুৎথৎলু, লম লৈজদবা মীদা লম পীয়ু' হায়বা অসিনি। খোল্লাও অসিদা লৌয়াম চাবা, অঙম-অথৌ, ফমনাইবা মরুওইনা ইম্ফালগী লাইরিক হৈবশিংনা পামলমদে অমসুং মহাকপু মখোয়গী য়েক্লবা ওইনা লৌখি।

১৯৪৭ ইংদা বৃটিশনা মণিপুর থাদোক্তুনা চৎলগনি হায়বদগী মণিপুরগী রাজনীতিগী ইতিহাসতা শাথিনা চয়েৎনবা অমা থোরক্লে। লোয়ননা বৃটিশনা ভারত অমদি মণিপুর থাদোক্লে। ভারত অমদি মণিপুর অমুক হন্না নিং-তমলে। মতুং অসিদা মণিপুরনা প্রজাগী মীহুৎ খন্দুনা কনষ্টিটুয়েণ্ট এসেমব্লী শেমখি। ইরাবত এসেমব্লী অসিদা উৎলৌ কনষ্টিটুয়েন্সিদগী মীহুৎ ওইনা কাখি, অদুবু মহাক এসেমব্লী ফমবদি য়াওখিদে। ইরাবততি লৌমী প্রজাশিংগী মরক্তা লৌমীগী ঈহৌ শাগৎতুনা অমদি 'অনৌবা যুগ' ফোংদুনা প্রজাশিংদা লৈঙাকলোনগী লৌশিং লৈহন্নবা হোৎনদুনা লৈখি।

মতম অসিদ লাইরিক-লাইসু হৈবা অমদি লৌয়াম চাবশিংনা মণিপুরবু ভারতকী অৱাং-নোংপোকলমদা লৈরিবা ষ্টেটশিং পুল্লগা 'পুর্ব্বাঞ্চল' শেম্বগী রাফম লাক্লম্মী। হায়রিবা 'পুর্ব্বাঞ্চল' অসিগী প্রতিবাদ সভা অমগীদমক্তা এম, ডি, ইউ, হোলদা ইরাবাতনা শেম-শারম্মী। মসিগীদমক পুংদোংবমগী প্রজাশিংনা মিটিং লাক্লবা মীয়াম পুন্দুনা চৎননবা হোৎনবদা পুলিস পার্টিগা থেংনবদগী পুলিস ও-সি নোংমৈনা পান্দুনা শিবদগী ইরাবতপু ফাননবা ৱারেন্ট থোরকতুনা খুদক্তা ইরাবত অন্দরগ্রাউণ্ডদা চংখি। হায়রিবা অসি ইং ১৯৪৮ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ২১ দগীনি। সরকারনা ইরাবত ফাবা ঙম্বা মীদা লুপা লিশিং তরা মনা লাওথোকখি।

খরা লৈরগা কংগ্রেস পার্টিনা 'মণিপুর ভারত্তা তিনশিনবিরো' হায়বগা লোইননা ইং ১৯৪৯ গী ওক্টোবরগী তাং ১৫দা মণিপুর ভারত্তা তিনশিনখ্রে, অমদি পার্ট সি ষ্টেট ওইনা থমখ্রে।

ইরাবতনা অন্দরগ্রউণ্ডদা লৈদুনা মাইকৈ থুংনা রাজনীতিগী রাখল্লোন পিনবা, হোৎনদুনা মীচম প্রজাগী শক্তি শাগৎনবা হোৎনবগা লোয়ননা, নহা'লশিংবু খোমজিন-তাশিন্দুনা খুৎলাই-পাযবগী লালহৌ অমগী লমজীং পিবা তারকখি। মসিগীদমক নোংপোক মায়কৈদা থংনবা লৈবাক বর্ম্মাগী লাহল্লৌবশিংগী লৌনবগীদমক ইরাবতনা মণিপুর থাদোকর্খি। মতম অসিদা বর্ম্মাগী লাহল্লৌবা কমিউনিষ্ট পার্টি মচেৎ অহুম থোকলমই। ইরাবতনা হোৎনদুনা মখোয়বু অমুক পুনশিন্দুনা 'ইউনাইটেদ লিবরেসন গোভর্ণমেণ্ট ওফ বর্ম্মা' শেমখি। হায়রিবা পার্টি অসিনা ইরাবততা কবো ভেল্লি অমদি অঙ্গোচিংগী শরুক খরা পিবা হায়না য়ানখি। মফম অসিদা ইরাবতনা হেড ক্বাটর লিংখৎতুনা 'রেড-গার্ড' ট্রেনিং পিবা হৌরকখি। অদুবু অন্দরগ্রাউণ্ডদা শাংনা রারকপা, তুম্বা মচেৎ - চাবা মচেৎ ফংদবা কোঙ্গায় লেল্লকপনা ইরাবতকী হকচাং শোকথরকখি। মেলেরিয়ানা নাবদগী ইং ১৯৫১ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ২৬ তা মহাক্কী হেদ ক্বাটর ওইরিবা টাংবো খুলদা ইরাবত সংসার থাদোকখি।

সোয়াম ছত্রধারী

# ইমাগী পূজা

চিক্লবা অহিংগী
থেংলবা তাংলৌগী
ইংলবা থাবন্দা
মিরবা খোঞ্জেন্না
'ইমা' – কৌরিবা –
কনানো?

ইমান্নবা মরূপলা –
লাইবকথীবা মান্নবা,
নিদ্রাসু চংদবা
নিংশিং নিংশিং লৈবা
'ইমা' – কৌরিবা –
নংবু কনানো?

নঙোন্দসু চাকপ্রা
অহোই অহোইননা
লম্মৈগী মৈচাক্লা
পলেম শক খঙদবা;
'ইমা' – কৌরিবা –
অদুনরা?

অপোকপী কৌবদি
ঈশ্বরগী দাননি
কৃপা লৈতবা
নংসু ঐগুম্বরা
'ইমা' - কৌরিবা -
নথন্তা - অদুনরা?

পলেমগী মীকৌ
নুংশিবগী মতৌ
'ইমাগী ইবুঙো'
নংসু ফংলিরোই
'ইমা' - কৌরিবা -
তাথ্রবরা?

নুংশিবা নাওথেম -
"ইমাগী নিংথেম
ইমা লৈ, ইমা লৈ"
তাথ্রে কৈদৌঙৈ
'ইমা'- কৌরিবা -
নংবু তাথ্রবরা?

হে লাইবকথীবা!
খোমলেন মংলান্দা
মপোক অসিগী
পলেমদো উরমই -
লোৎথ্রে - লোৎথ্রেনে
মুর্ত্তিদো।

পম্বিরম্মি চান্না
মচাগী পোত্থাফমদা
মায়োক্লমই অমৃত
অমৃতনা চাওদবদা
পেহ্লৌদে, পেহ্লৌদে
মহাওদো।

চুপ্পিরগা নুংশিনা
থীরবা লাইবক্তা
তাকপীরমইনে অদুতদা
"ইমা লে – ইচাদি –"
হৌজিকসু তারিনে
খোনফমদো।

অদুতদা নোক্নুনা
খৎলমই লৈয়েংনা
পোকপদগী ফংলক্রবা
কৌবগী পেন্দবা
কৌরম্মী – "ইমা – ইমা"
মীকৌদো।

স্বর্গগী লাইরেম্বী
থৌজালগী মুর্ত্তি
লাইবক্' মচাগী
মচা কায়নরবী
'ইমা' – কৌরিবা –
মুর্ত্তিদো।

থম্মোই লাইয়ুমদা
কোক্তবা মচুনা
য়েকহৌরে যতন তৌনা
য়েংবগী পেন্দবা
"ইমা" – কৌরিবা –
চেংলৌদো।

# খাঙবা হৈরবরা?

খাঙবা হৈরবরা –
অরাবা খাঙবা হৈরবরা?
দ্রুপদ রাজকন্যা
চিংলক্লে শম লাক্তুনা
যুবরাজ দুশাসননা
ফি মুল্লে রাজসভাদা।
জনক দুহিতা
বন্দিনী লঙ্কা রাবনগী
শগুলি তত্তনা
ময়া শিংজং পানবী হিংচাবী,
নৈরে তকনা
মমিৎ গুহা হিংচাবনা।
তুমত্রিক তুম্বা
ইলং ইলং লংবা পুক ফত্তা তা,
মথৌ শংলবা
ইশাং শাংবা নোংথাং চিরোন থাং,
ঙংলি খোংলিবা
তাগদৌবগী খাইনবা বজ্র.
খোং লাওনা
লাকলি পুঙ্গি হি লাক্লবা নোংলৈ।
ফাঁসী সগাই
থৌরিদা য়াল্লিবা' মীনি – অদো।
খাঙবা হৈরবরা, –
অরাবা খাঙবা হৈরবরা?

# অদুম অদুম

আদো – বাজা খোংলে
লেপ্ট রাইট তারে
কদোমদনো?

মমাংলোমদা ওইগদ্রা
মনিংলোমদা ওইরিদ্রা
কদোমদনো?

লাংজা এরোপ্লেন পাইরে
লমহুই সাইরেন খোংলে
মতৌমনি!

মটর শাহুই লাঙই
অফিসার খোইরেন পাই
শোয়রোই!

হনুমান্না বম থাদরে
চেক নুঙ চাকলে
রাংমদনি।

ভীষ্ম ব্লিৎসক্রিগ লেপখ্রে
দ্রোণগী বেহু শাখ্রে
কৌরুদনি।

হুমথবী উমাইবী হনখ্রে,
এণ্ট্যার-ক্রাপগন উরে
মমাংদসুনি।

বিশ্বকর্ম্ম নুংথং পায়খ্রে,
সগর থৌরাং লোইরে
পাতালদনি।

মাইকৈ শুংদাই অহুম,
মিচং অহুম অহুম
অচুম্বরা!

ফেসিজম, গণতন্ত্র, সমাজতন্ত্র
মৈতৈ পুরানগী মন্ত্র
থাজসিরা!!

(৩ সেপ্তেম্বর – ১৯৪১ ইং)

# ডিখৌ – তোর্ব্বান্দা

ডিখৌগী তুপথুপ্তা রাংমগী হিদেন্দা
নুমিৎনা ইরুজবা উরে।
নোংচুপ ফিগে হোংলে চিংয়া কোরি চেল্লে
মিং চোইনিংদ্রে নিংথিরে ফজরে।।
ঈগী ঈঙাক্তা চেল্লে থক থক নিকলে
ঙসিসু কোক্রিবরা – অদুঙৈগী?
ডিখৌগী নিংশিং ইচেন্দা তাওথরি মঙ অমা
ঙসিদি খল্লি তাইবংনি।।
লিন তোংবা ফিরান্না হাইনা হুম্না অতিয়াদা
পাইরম্মি তোর্ব্বান অসিদা।

'মৈতৈ নিংথৌ য়াইফবা, চিংথংখোম্বা অকনবা'
ময়েক লানা ইরি থবাক্তা।।
ফৌসু ইশৈ শকলি আদগী চিংদোন অসিদনি
"মোরাল" – ডিখৌ তোর্ব্বান্দা।
* মৈতৈ থম্মোই বীনাদা পাল্লি পঞ্চম সুরদা
মণিপুর সনা লৈপাক্তা।

* মৈতৈ - মণিপুরী।

# জেল

ংইদা চেকপনসিদে
ঙকলিদুম নাই।
মতোন্দা ইঙৌ ঙৌরিবসে
মিংশেল মচেৎনি।
খাগী থাঙপাৎসিসু
তাম্মে তাম্মে।
শিপ কুম্ভির গরিয়াপ্সু
থল্লে থল্লে।
ধং ধং তারিবা মখোনসি
থোংজাও থিংবনি।
ইন্সপেকসন তৌবা পুংফমগী
অফিসার চংবনি।
সিপাহী ছন্ত্রিনি ময়ামসি
সঙ্গিন নোংথাংনি।
ঙাকপা অতে মসানি
অসিনা মপুংনি।
ফাদোক্কী মথক্তা'মুক্কা
হিগাইরাসু তৌরি।
করিদগী মঙাকনো
অসিনা মথংনি।

ডিভিজন ডিভিজন শেমই,
কাতুপ কাতুপ খাইদোকই।
সর্দার, মেট, কালা-পাগড়ি,

কোয়েৎ, পেটি, সিটিনা
কাউহল্লি ফাদোক্লি হায়বা
বুদ্ধি লৌসিং ফাজিল্লি।

সনাখুজি খামেনচৎপা পামদ্রা,
দোলাই ফৈনা তোংনিংদ্রা,
রিমিসন পামদ্রা,
খালাস চৎনিংদ্রা।

টুপীদা ষ্টার মেডেল হাপনিংদ্রা
থবাক্তা পজেং ক্রোস থেৎনিংদ্রা
মিহৌখিবা হুকুমনি,
মিকা মন্ত্রনি।

খোংগ্রাও টুপী ফনা কেৎজে
ফাদোকনি মীনা থৈদোকনৈ
থৌওইনা তৌদে,
মীরক তিহ্লন্দে।

ফাদোক্লি মটর-খোংগাড়ী
লাকলে লাকলে - চিবোননি
মায় কোম্মায়নি,
ঐদনি ফল্লি।

"বোর্ড লাক্লে, বোর্ড লাক্লে
হন্দক্লিসিদদি শোয়দ্রে।"

থবক্কী লম্বী হায়সি
হোয়, ফৈনা খুজিংনি।
ফাদোক্লা ফনা লাওজৈ,
তাবিনবা কনা লৈতে।
মনুংগী রা মপান য়ৌদে
সিপাহী ছন্ত্রিদগী হেন্দে।
মনা মনিন নাইগনু।
মেনুয়েলগী মেনুয়েল
সনা খুজি খোংজি মরোল মরোল।

"বোঁড ফম্লনি, বোঁড ফম্লনি
শোয়দ্রে শোয়দ্রে" কোয়রাংনি

ইকোয় কোয়না ফম্লে কৈনৌ রায়েন তারে
থাদোকপা য়ারেদি খন্নরে।

জেলার বাবু অমা শিল্লি
রার্দার মশিং হাপকথলি।

মমাং কা ককই মওং অমা ওল্লি
য়োৎকী পৌরোন্দা মাশিল্লি।



রাথলিনা মনা –
লম্বোইবা ঙাইবা –
ফাদোক্কী লাইবক্তা
খালাস কৈদৌঙৈ –?

# কহিমা লম্বীদা

লিন লম্বীনা
থেক্লা খোয়না
চিংগী চিংথক্তা
উগী উরক্তা
চৎলি কারা ফাওরদুনা।

লোক্তা পোখারি
ইশিং থকলি
উখোংদা ফম্লি
হুমাই হুম্লি
চরোৎ — লাংনা তথোৎ হুমাইনা।

হারৌ কৌজেং
য়ৌথ্রে লোকুং
শক খংদবা
মীনৌ উবদা
কিজে — কিজে হৌনা কপ্লি।

কৈ শগুন
মমিৎ মৈবুন
শংত্রিক য়েংই
ঙ ঙ্ঙং ঙংই
চেগপ্তা কোইথৎ থৎলি।

মুগুক শকথি
চীংগী হিংচাবা
ঙংনা পাইরক্লে
লোইনা চেন্নরে
লম্বী থিগোমৈ তমলে।

খোঙ্গুন অমা
মুৎপা লৈতবা
"চীং-নুং ঙম্বা"
লুনা হক্লুবা
থম্মুই কহিমা নুংপাক্তা।

# কাউমুদো

স্বর্গরোমদা কৈরাক থারিবা
কৈরাক ফৈরোই কারন্না
উব্রা,
বীর অনিগী মিং ইরিবা
উব্রা।
কবো উচন চিংশুউ খোংরানা
জয়ধবনী লাওরিবা
তাব্রা,
"গরিবনরাজগী জয়"
তাব্রা।
ইরাবতীগী লুরবা ইচেন্দা
মমিনা চেল্লিবা,
উব্রা,
সমুদ্রদা পাওদম্মিবা
তাব্রা?
মতোনগী নিলচক্র শরিকনা
নোংমদোন্দা খিংলিবা
তাব্রা,
স্বর্গদা পাওচেল্লিবা
তাব্রা?

# শরৎ

লৈওল্লুবা প্রকৃতি ইরাও রাওরে,
লিরি লিরি নোংকুপ্তা ইরুজরে,
চোৎলবা শম্মাং কল্লা কল্লদুনা,
ইশন শন্না ফৌরে নুংশিত্তা,
লাইবক্তা সিন্দুর ভাংশং নমশিল্লে
ফিগে হোংলে খুৎ চুবা মেথলে।
নোংপোক্তা ফিঙৌ শেল্লকলে
অপাম নুংশি লাং থারক্লে
মাল্লিকা কুন্দোনা পুমঙৌ ঙৌরে
লৈনম্না থম্মোই মৈ থাগৎলে
নুংশি-বাঁশী খোঞ্জেন পাইরক্লে
নুংশি মৈরি খোক্লা চাকখৎলে
অপাম নুংশি মৈমুৎনবা–
পামু-নুংশি নৌহৌনবা মানলা ?

# সন্ধ্যা

টু খোংলে জাহাজ থাগদৌরে
যাত্রি লাংলে।
যাত্রি নুমিৎ জাহাজ কাথ্রে
জাহাজ থাথ্রে।
খালাসী ! খান্না খান্না–
ইথক চাওই।
শারঙ – নিংথি নিংথিনা
ওইদা থেল্লি।
নুংথিন পাখং খোংচৎ লোইরক্রে
রাংমা নক্রুক্রে।
মম্না মুথ্রিবা রাংমা তোর্ব্বান্নি
অসিনি অরোইবা।
যম সন্ধ্যা ময়া কাথেক্রে
য়োৎকদবগী ভাইরে।
জীব পুন্নমক্লা কায়দনা শক্লি
সন্ধ্যাগী আরতি।

# মিৎনা কুপ্পদা

লেংলগেরনে!
অসুক কুইবা –
ইশিং মনুংদা লৈতুম হুম্বগুম –,
ঙসিদা ফোং লাওনা –,
লেংলগেরনে?

য়েনলাবা য়াওব্দি,
অহানবা য়েখোং কেক্রে-কে তাদ্রি।
থোংবা অহোবদা উরি,
অতিয়া থাংমৈ মুম্রি।
লেংলগেরনে?

অদুবুনে –
পাম্পগুম লৈই কারন থাই।
পুং অমগী লাংনা তরানিথোই,
লাংনা লাংনা কিশি তরানিথোই,
অমা, অনি, অহুম, মরি –,
অদুরনে?

মথুন চাদবা পুননি
হংবিয়ু, কোম্মোংগী বোকুলদা।
শিঙ্গারৈনা কয়া থেমই,
মৈচাক্রুম হেল্লি মাগী পাওথেমনা।
অদুরনে?

খিল্লি, লৈরাং নাচোম লৈমন্না
করেম মিনোক নোকই
নিংশি নিংশিংলগা –
নাত্তোন নাকচি হুমাং মরিক ফাওই –
অদুরনে?

লেংলগেরনে –
নম্রনে –
কিচক্কি নুমিৎতাবা মঙাই
শকয়েং তারবদি –
শোইরোই শং শং উনি
নম্রনে?

খনবিয়ু –
লেংব্রগা ঐনা ওইগদবা
থম্মোইদা চাকহৌগদবা।
লেংলগেরনে – নত্তেদা
লেংশিনখো।

লেংশিনখো!
মিৎনা কুপ্পদা
তুংদা উবা ফংবা ফংদবা –
ঐগী পুন্সি উপবন্দা দুম্বন্ত নংনি
নুংশিখংদবা! মিৎনা কুপ্পদা
লেংশিনখো।

# নাম মাত্র

হিরোই য়াওদবা হিয়াং
গ্রম গ্রম হোৎপি
মখোন থোক্তবা হিরাও
হয়ুম হয়া তারি।
নাম মাত্রনি।

কাংজেরোই য়াওদবা কাংজৈ
শগোল খুরুপ থারি
শাবল নাকথং মখোন
ক্রোক-ক্রোক তারি।
নাম মাত্রনি।

যাত্রা য়াওদবা মুকনা
নহাদি যাত্রাদে-
খোন্থাং শুদবা খোল্লাও
— পানা মচাদে।
নাম মাত্রনি।

থাং চুংগোই থাবা থাংহাই
খুৎকি জগোইনি।
চুং-তা পায়দবা খৌশারোন
খোংগী চেগপনি।
নাম মাত্রনি।

“লমাবা তুমাবা হল্লো হল্লো”
মাইবা থৌতৌরি
“ক্ষীং ধু ধু ইংলো ইংলো”
মন্ত্র থিঙ্গামলি।
নাম মাত্রনি।
বিজয়া দশমি ক্বাকযাত্রা
রামচন্দ্রগী লালগী যাত্রা,
সেনাপতি বোরি তোপনি
মথং অমনা যাত্রানি।
লোইইন্নে খমইন্নে,
হিদাকপুনে পেনে,
মেঞ্জর লাকই
সাজর য়াওই
“তিতাও তাও,
তিতাও তাও।”
জমান্দার সাহেব
সুবদার সাহেব
“পিবোং পাবোং।”
নোম নোম দোলাইতোং
চানবা লৈতে মিরাং থাং।
হুই নোমজেন শগোল পাও
রাবন কাপ্পগী থৌগল পাও।
নাম মাত্রনি।
ঙম্না চংশ্রে—লোইনা মাংশ্রে।
মিখাপোনবা হিংচাবগী খয়াত্তা।

# অমর রবীন্দ্রনাথ

রবি - ভারত ঙাল্লম্বা থা
সমুদ্র ইরম তরেৎ, মরোল তরামরিদা
মাগী শৈরেং ফিরান পাইরিবা
কবি সম্রাট।

সামাজিক, রাজনৈতিক ভারতপুকেদা
মাগী দাননা থন্না হাপ্লম্বা
দেশ ভকত।

অস্তাচলদা লোৎখ্রে রবি
মঙান্দি মুত্রি শিন্থুংনা জগত্তা ঙাল্লি
জগত থম্মোই অতিয়াদি মমলে।
হে বিশ্ববন্ধু।

মাগী গীতাঞ্জলি সুরনা তত্তনা য়ৈরি
মন্নবা থম্মোই-বীনাদা।
রাজর্ষি।

রবি লোৎখ্রবসু, তত্তনা নিংশিংগনি
নিংথৌ বসন্তগী জগোইনা
রাণী শরৎকি ভঙ্গিপরেংনা।
রবীন্দ্র অমরনি।

# মদনগী লাঞ্জং

উন দরবারশংগী দরবার লোইখ্রে
ডিক্টেটর মদন, জেনেরেল বসন্ত থোরক্রে।
কদোমগী লালনো কনাসু খংদে
সম্পাদক নুংশিত্তসু অথুপ্পনি তাক্তে।

মাইকৈ মাইকৈ লাম্থোং শিনখ্রে
থৌরাং উবদা জগৎ নিকলে।
ইশিং-কংফাল-অতিয়া লানগী
লাম্মি লক্ষা লক্ষানা খুজিংনি।

জেনেরেল বসন্ত ব্লিৎসক্রিগ লাঞ্জংখ্রে
বাঙ্গালা বঙ্কিমগী উইল য়ৌখ্রে।
অহানবা লম্বী ককপা লাম্থোং
মৈ থারে গোবিন্দলালগী ইমুং।

লুপ্তধর্ম্ম মরাল লৈতবী রোহিণী
পুন নাকন ইশিং শোকপা চৎচবী
লাঞ্জংই, কোকিল ফিমু ফৌজনা
কুহু বম থাদে উনা মরক্তা থুপ্তুনা।

'য়াম্না নানবনি তপ্না' হায়না হায়না
নাম্থু খ্রে লিরি নোংগী কংনান শিরিদা
অহাংবা পুন ইশিংদা তাওখ্রে
রোহিণী বারুণী মনুংদা তুখ্রে।

ফিঙৌ ফৌজ থাবলগী লৈনম গ্যাস
পাল্লে উরিরে মরুমদা থুপ্পা গোবিন্দলালদা
'শিরি নানবনি তপ্পা' হায়খি উখিদ্রে
তফিংনা বারুণী তম্না চেনখ্রে।

ধ্যানগী মুর্ত্তি রোহিণী লৌখৎখ্রে
গোবিন্দলালগী লৈকোনশংদা লৌখৎখ্রে।
হিংনিংদবী রোহিণী হিঙৎলে
অহানবা গোবিন্দলালগী য়ুমদা চংখ্রে।
জয় ডিক্টেটর মদনগী জয়।

হৈপাল লৈপাল ফিঙাং ফৌজনা
থাখ্রে ভারত ঙমখৈ মণিপুরদা
গরিলা লাঞ্জংনি, অসোমদা ঠাগুর বড়া
অমরোমদা লাইবকথীবী মাইনু পেমচ।

চিঙ্গোই বারুণীদা অনিমক ফাখ্রে।
য়ুহৌই মৈতৈগী থম্মোইদা মাইনুগী দষা
নত্তনা হাইজিনবা সমাজগী রুঢ়ি
ঙসি আকাশ পাতাল ফাওনা নিল্লি।
জয় ডিক্টেটর মদনগী জয়।

# মখোইসিনি

## (১)

চিংলেম্বা চীং খেৎনা চৎপা
লৈঙাং লম্বী মনাক্তা মী খরা
নুং থুগাইরি 'কেক' 'কেক' – নুংথংনা
কালেন নুংশা কক থোকপদা।
মনাক্তা মপুক থনবা মটর লোরি
ধমকা তৌদুনা চেনখি মরী মরী।
লাপ্তক ইঞ্জিন অমা ছন্ত্রি তৌরি।
মী খরসু য়েংলম্লগা চৎখি।
মখোইগী হুইনসু হাইফেৎ য়েংলম্মি।

হা হা কারবা ক্বাক খরনা
নুংশা য়াকহল্লমলগা পাইখি।
অয়ুক্কী নুমিৎ অমা উবদগী
তারমদাইগী অমা উবা ফাওবা
মখোইগী নুংথং মখোল লেপত্রি,
অতিয়াগী অঙাংবনা রাওরকপদা
মখুৎনা লাইবক্তগী হুমাং তৈথোক্কনি।

# অসিনিনে

অসিনিনে প্রোক, প্রোক, প্রোক চাকলম্মিবা
মী হাথলে, মী চারে হায়নরম্মিবা।
চাই চাফম খংদা
তুম্মি তুফম খংদা,
মী পুন্নমক ভাওন শাওনগুম খাংলম্মিবা।
কোনা হুমাই ফনা হুম্মি চৎনদে
চন্দন ফনা ফনা চাই কান্নদে,
ভাইহাক্তং ইংলম্মী
চাকপনা মহেল্লকই
মী পুন্নমক শিরে শিরে হায়নরম্মিবা।
কালচক্রগী খোংলৈনা থুংলকপা
রায়েল কাতিনা লাকপদা
মওং অমা তৌথ্রে
মথন্তা হন্থরক্লে।
থৌজাল হৈথ্রবা করি তৌদবগুম লৈরে।
অসিনিনে।

# মখোইসিনি
## ( ২ )

ওইদা শাজে, য়েত্তা লাঙ্গোল
অর-তিতি থৌরি মখোইগী ষন।
য়েৎকি খোংনা য়োৎচিন্দা হাপু কাওরি
মিৎনা য়োৎলম মুন্না মুন্না য়েংলি
য়েন্দা ক্বাকনা কোকথক্তা তুবৎ পাই।
অমম্বনা হন্না য়েংলগা হনখি।
নুংশিৎনা মতুং কোইইন ইল্লি।
নুমিৎনা চাগদবগুম য়েংলকই।
নুমিৎনা কোকতোন্দগী য়েংথরকপদা
ষণশিংনা কামদুনা নাপি থৎকনি।
নুংশানা অমুক ইরুজগনি।
নোংদা অমুক হুমাং ঙানগনি।
তিম্ফা কাকফৈগা য়াওন্নগনি।
তুমিৎ কাংগা শাগোন্নগনি।
নুমিৎনা হন্না য়েংলম্মগা হনখিবদা
মখোং তিংথোক্কনি মাঙ্গোন্দা।
মপুক শিৎপতনা শরুক ওইবা
শেগাইবা ফিতনা ফিথুং ওইবা

মখোইসিনি — ।

# চুম

মনুং মপান খায়বা
লৈ-ই চেকপন অমা –
শরৎকী ফিঙৌ থাবন্দা
[illegible]লি মায়োক্লনা মুন্না,
বর্ষাগী থাসি অহিংদা
লেপ্লি মমিৎ উইদুনা।

জিজ্ঞ ছাতিন মখাদা
শুনু ফিঙৌ শুপ্তুনা
হিপ্লি দলাল অমা
মমিৎ তরা পাংদুনা।
চিক্লবা ঐগী কানা
ধ্যান তৌরি তুমিন্না।

চুমদবা চুম অমা
চেল্লি ছাতিন মশাদা,
থবাক ফক্লাংদা নপ্লগা
মখৌ পোংলপ ফন্না
মরৈ কোল্লপ তৌনা
খোংলি 'ঠিক' 'ঠিক' হৌনা।

সংসার অসিরা 'ঠিক'?
জগৎ অসিবুরা 'ঠিক'
করিবুনো 'ঠিক' 'ঠিক'—
নত্তবনা ওইদে 'ঠিক'।
খনাগী লৈনা খৎখিবা
অরোইবা রাহে অদুবুরা?

অচুম্বা করিনো উদে
অরেপ্পা কদাইদনো খংদে
জগৎ অসি অচুম্বরা?
সংসার অসি অরেপ্পরা?
খনাগী লৈনা খৎখিবা
অরোইবা রাহে 'প্রাক্তন'লা?

# শরুনা নোকই

লমখাই াংফম লম্পাক্তা
ফজবী নুপীগী লুকং অমা
ঙৌনা খিগৎপা ময়া পরেংদা
অকনবা নুংশিৎনা হুমবদা
নোক্নি শিথবা খোঙ্জেন্না।
উবদা তকসি শোন্নবা
অমৃত নিক নিক লাওবা
কদাই ফজবা মূর্ত্তিদুনা ?
কদাই ফজবা শক অদুনা
উবদা মিৎ চোইনিংদবা ?
তুংয়ান উবদা কল্লকপা
খোইমুনা ইকাইনা মুবা
কদাই নিংদ য়ৈবা শম্নাংনা ?
কদাই রাহে রাতা অদুনা
কোকিলগী সুর ঙমজবা
শুক্ষৎপা মন্ত্রনা মাংওইবা ?
নুংশি মিৎয়েংনা তেঙ্গা থোংবা
কদাই পিশুমগী লিরুংদুনা ?
কদাই পুক্নীং হুবা শাজৎতুনা
খোংথাং খোংথাংদা চেপ্লা ?
যুগ কয়া কয়াদগী হৌনা
অসুম্না নোকলক্নি শরুনা
নোক্কনি যুগ কয়াগী মতুং ফাওবা।
নোক্নি শরু কয়ানা মোংফমদা।

# শক খংনবা

থাঙ্গচিং মমি অচৌবা উচেকনা
তোর্ব্বুংগী নামিবা নুংশিৎ ়রাইননা
লোক্তাক্কি ইপোম মথং মথং লান্দুনা
শান্নে ফল্লদুনা নোম্মা নোম্মদুনা।
থাংজিং চিংদোন্দগী নুমিৎপু কৌই
নুমিৎনা হয়েং হয়েং হায়রগা লৈথখি।

*

নিংথৌনাই কোয়েৎ অঙাংবা অমা
খুল্লক পাওজেল্লি লাওরা লাওরদুনা—
"হয়েংগী নুমিত্তা লোক্তাক তাফরোই
তারম্বা মীদুদি রাজদণ্ডি ফংগনি।"
নুংঙাইতনা নুমিৎ মযুম চংব্রে
থাঙ্গচিংগু চপ লেপতুনা মুন্না তারে।
মশম মনা ইফা ফানা খমু চেল্লক্রে
মমাংথোং হাংলরে খম্বদা পাওতম্মরে।
মচেম খমু লাইরবীনা পাওমেল্লি
ইচেমগী খম্বা যুম শংলম্মু হয়েংদি।
খম্বনা চৎথোক্লোই ইচে খুমই।
সন্ধ্যানা লোন্না য়েনখা পাওদাই।

*

নিতিগী লম্বী কায়দনা নুমিৎ লাকই
চৎলোই, লেংলোই, য়েংলোই মনিংই
পুক্লিং শগোন্নদি খুমাং লাম্লগং
খম্বা হৌগৎলে শগাইদগী নৌ লাম্লে,
থোকখ্রে লোক্তাক তমনা কুমখ্রে
থাইনগী ৱাকলেন হি চিঙখৎলুরে।

*

খম্বগী হিনা মমিৎ কুপ্পা লৈতনা
কনাবুনো য়েংলি অমুক 'মুক কাখত্তুনা
নৌনা ৱাৎলি চৎখো চৎখো থৌরক্লি
লোক্তাকনা মিপাইরদুনা নিকলি।
দগুি ফংলবসু অমত্তদি নখ্রে,
নুমিৎসু খম্বগী মতুং ইন্নখ্রে।

*

ইকাই হঙোইবনা কোইজানবা
খুদোপ খুনবনা তাইশিন্দুনা
লোক্তাক প্রেমগী লূরবা লাইজদা
থোইবীনা থারিবা নুংশি-ইন্দা
লকখ্রে পাম্মু লেমলৈ অমুদোন খম্বা।
থাঙজিং মমি চেক্লাসু শান্নখ্রে নুমিৎকা।

# টেলিগ্রাফ

পিক্লবা চেক্লা অমা
মিহুৎ. পাইশিল্লক্তুনা
তোংলরি টেবিল মথক্তা।
পুমভাং ভাংলে ঈনা
শিকারিগী গুলিনা পাল্লবা?
লাংদগী নাহ্বোরকপরা?
শিহুরকপা পি মতুম্না
তারি অতৎপা লৈতনা।
লুহোংবগী বর কন্যা
খোইরুম মোমোন তৌনা
নুংশি ইপাক্তা তাওরি
নুংঙাইবা অহিং লেল্লি।
ঈনা লৌখোং চেনবা
মীশানা লৈখোম থোকপা
লাঙ্গাও কয়া থেংনরি।
অঙম ঙমদা লেপ্পরি।
সংসার লৈকোলনুংদা
নিংথিবা মপা লৈতনা
ঙরাং শাৎলম্বা লৈরাং
ফজনা পাল্লম্বা হৈরাং
অতিয়াদা তিনখি
কয়া অমা পোমলক্লি।
কৈদনো মাবু উদবা
কনানো চেক্লাসিবু থেংনদবা?

# চাওখৎপা

কদোমদগী লাকইবা খোঙ্জেলনো
অসিদা য়েররিবা–
কদাইদগী কনাগী খোঙ্গুংনো
চাওখৎপা হায়রিবা–
রা রা লাউবা ইরাওখোন্না
অকিবা ফংনা তারি–
ইহৌরকপগী ইরৈ ইহুনগুম্না
তাদুনা চেল্লক্লি।
হৌজিক্কি লালগী মীহাৎনবা
খুৎলাইগী পুকৈ–
অঙকপগী মনুং চল্লিবা
যন্ত্রগী মপৈ।
অসিবুরা চাওখৎপা হায়রিবা–
ময়াম লাংনরিবা?
করম্বা বিদ্যাবুনো হায়নরিবা–
জগৎকি অনৌবা।
মখোং পুনবনা পুন্দববু তান্নবা–
করম্নবু ফংগবা।
লৈশা পায়খি খনবনা হান্না–
থৎপা লৈতবগা।
ঐখোই' ভারতকী হৌখিবা যুগ
রামায়ন ভারত অনি।
যুগচক্রগী খোংলৈগী লমলোন্দা
অমুক উবতনি।
হিমালয়, সমুদ্র অনিগী সাক্ষিদা
দলিল অমা ইসি।
থুনা রেজিষ্টার তৌশিনসি–
মাংদনা থমজিনসি।

# ভারতবাসীগী

হিন্দু পাক মুন্নবনা
উত্তে লিংজেন মান্নদবা
মমাগী সেবা তান্নবতনি।
খন্নে কন্না ভাবোকনা
পাওথোকই কন্না অসিদা
থেংনরে থেংনরে শোয়দ্রবনি।
হিন্দুস্থান অতোপ্পা নত্তে
পকিস্থান্না অমা নত্তে
অমদা অনি পুমতিন্নি।
'ইণ্ডিয়া' মিংথোন লৌথোকপগা
মরক্কী শিংচেপ শৎপগা–
ভারতবাসিগী "ভারত"নি।

# কোকিল

অরাপ্পদগী কুহু খোঞ্জেল অমা তাই–
বসন্তগী অনৌবা য়েন্নিংগুম নৌই,
থম্মোইদা নুংঙাইবগী ইচাও হৌরকই–,
হরাওবগী ইপোমসু চাওনা কারকই,
বসন্ত লাক্লগদ্রা?
বসন্তগী দুতলা নত্রগা থম্মোইগীরা?
বসন্তগী মরূপলা নত্রগা মীগীরা?
নহাক্না চংদবা লমদা বসন্ত য়ৌদবা লৈতে,
অতো, বসন্তগী মশানা মণিপুরদসু হুমলে।
বসন্ত লাক্লগদ্রা?

# থাবল্লৈ

পন কয়া লাল্লক্কুনা
কদাইদগীনো—
নুংশরবা লৈনম অমা
কদোমদগীনো—
য়েররিবা ঐগী নাতোন্দা
করমতৌনা-
কনানা পুরকলিবা
যতন তৌনা?
শকখংনবা লৈনমনি,—
অদুঙৈগী—
লৈপন ময়াগীদু মাল্লি
নিংশিংলি।
ঐগী পোনগী পাখংবু
মহাক্না নৈখিবা,
(মীগী) শেগা তাংবা পাখংবু—
কয়ানো থীখিব্রা,—
মনিং থুংদবা পাখংবু
কয়ানো শৌখিবা—,
পাখং থাবন ব্রাখন্দা—
করিনো য়েকখিবা—।
নিংশিংহল্লি ইনৌ নৌনা—
অনৌবা নম্রবা লৈনমসিনা।
থাবন্নসু থাগৎলি সাবাস—,
অহিংসু লাওরি বেস বেস।
ঐগী থিংদবা থোংনাওদা
চংলক্কনি অতৎপা লৈতনা
লৗগনি ঐগী নাক্তা লেংদনা—
অয়ুক্কী নুমিৎ লাক্রবতদা
থাবলগা ইরোই ইরোইনা
হনখিনি মেংনা মেংনা।

# শিলং

ঐগী ফাদোক্নি লম্বীদা
য়ুম অনিগী কারক্তা
কম্বল কুপ্পা শিলংনা হিপ্পা উই
চিন্তা– লৈচিন্না মমাই খুমলি।
অসি নত্রা থাইনগী প্রমীলা লৈপাক্তো?
হুজিকসু লৈরিব্রা নুপীগী মনিংতম্বদো?
নুপীবু থম্মিগদ্রা পোনগী উচেক্কুম ইমুংতদা?
চাক লুখাক খরদংতং চারগা
মীনাইগুম্না থবক পুম্নমক তৌরিগদ্রা?
খজিক্তং শোয়বদা মীচে তাদুনা খাংলিগদ্রা?
শা-ষনগুম চৈজা নম্বোনরিব্রা?
নুপী লোনবগী মৈরক্তা চংদুনা
খাংঙমদবা অরাবা কয়া খাংলিদ্রা?
নুপানা থাও পক্লিঙৈ হন্না য়েং৲বা
কোক্লগা লুনা তৌসিন্নদুনা লৈরিব্রা?
নুপাগী ওৎপা নৈবা খাংননবা
মপাম চৎপদা আইন্না ফারিগদ্রা?
মীনাইগুম্না মমল হনবা তারিগদ্রা?
করম্বা নুংশিৎ নুংশা ফবা নুমিত্তা
মরাইবক্তগী লৈচিন তাকখিদুনা
নিংথিবা মিনোক্কা লোইননা নিংথিবা
থাইনা থাইনগী লৈপাক উগবা!!

# সেল

খা মায়োক্লনা
জিঙ্খনা কুপ্পা
অহানবা ৈ াক্কি
মপান্দা লোনবা
নক্কথলি থোইনা
বাদশা' সা'জাদাগী
সিপাহীগী মথক্তা
চেক্কী ফক্লাংদা
মিথশেং খাংই–
ইথন্তা নত্তে লৈবা
চুম অনিহুম অমা
যুমদাংবনি মখোইনা-
ঐগা খেন্নবদা
থকখাগী লম্বীদা
অথিং অথৎ লৈতে
য়াকাইরোন শক্লগা
নিংথম পেনা নত্তে
কনানা মিৎ লঙখত্তে
মীখা পোনবা খংদে
মশাগী সন্মান লেংদে
চেকপন্দগী লিংখত্তুনা
য়েংলি মমিৎকুপ্তনা
মকোক্তা লাংজা তোংই
থোইনা থৌশাদে
থক-চাবা অককনবা
অককনবা মফমদা
নোকলি ইশি শিনা–
মঙক নোমদুনা–
"অক্মানি থক্মানি

পাকা দেওয়াল
নিপানগুবা সেল-
মথংনা য়োথকি
থোংলোন অনি,
অন্দরমহল যতন
অতাংবা রতন।
ছত্রি অমগা,
ইলেকট্রিক বলভনা
অহিং নোংশোইবা।
অতৈ খরগা-
শেন্দাং জোরা অমা
থাগী পিরি ভারা।
চাবা মনিং থুংই।
নিংবদা থোকখি
নিংবদা চংলকই।
শেন্দাংমখৈ পাইখি
উইনা উইনা খোংদে,
তুৎ তাৎ হৈ তাদে।
মশাগী মনিংতম্বা মাংদে,
মীঙোন্দা নপ্পা তৌদে।
কোনা পাম্বী অমা
চপচুম্না লেপ্তুনা।
নুংঙাইতে তান্থোকই
মরেংবান্দা ক্কাক তোংই,
তুম্বা-হিপ্পা অককনবা
অককনবা মখৈ উরগা
নুংশিত্তা লোংদুনা
খ্বাইদা লাওথোক্লি,
খেন্নদে অমত্তনি।"

# ইলেক্ট্রিক থাংমৈ

কোঙৌ টুপী উপ্পা বলবনা
তোংশি য়োৎলি মখোং মখোংদা
য়েংলি মীওইবগী চাওখৎপগী মঙান।

পিচকারি কাপই নোংনা কপ্পা,
রারা হৈথৈ অতৎপা লৈতনা
শক্তি লৈতে মুৎপা ঙম্বা মঙান।

নুংশিৎ নোংলৈ হুম্ফুমাপন্না
হুমই নুংজ্রেং উফুল লোয়ননা
ঙম্বা লৈতে মমিৎমনা কুপহনবা।

বিজ্ঞান যুগকি লানফমদা
য়েক্লবগী মতেং পাংই মহাক্লা
দোষিনি ভারতরক্ষা আইন্দা।

"সাইরেন তাবগা ফিরুক খুম্বা
নম্রগা মশক উদনবা লোৎপা"
হুকুমসি ভৌথ্রে জগৎ পুম্বা।

আইন অমন্য তৌরবদি
মাংলে য়েক্লবগী বোমনা জগৎতি
মথং দণ্ডি জেলা খারিজ, ফাঁসী তারিব্রা!!

# নাৎসীগী ফিরান

(১)

অতিয়াগী মম্লবা লৈচিন মরক্তা
মুনা হৌবা নোংগী মরুমদা
তাদুনা শিৎপা নোংলৈ নমহত্তুনা
অ-দো, তারি নাৎসীগী জয়ধ্বনি।

চাংজৌ লৈতবা সমুদ্রগী ইপাক্তা
জোয়ারগী হৌরবা জম্‌ জম্‌ রা রা
ইথক্কি বম্‌ বম্‌ খোঞ্জেন মরক্তা
অ-দো, তারি নাৎসীগী জয়ধ্বনি।

ফেসিষ্ট বাহিনীগী জয়-যাত্রা
লেফট, রাইট, লেফটতা নেত্তুনা
কিন্থরবা সহরগী উফুন মরক্তা
তারি নাৎসী জয়ধ্বনি।

ঈনা উফুন ফারবা লৈপাক্তা–
অনেম অৱাং বাজাগী সুরদা
ৱাংলবা সিটি মখোল ইরোয়ননা
তারি (ময়াইকাবা) নাৎসী জয়ধ্বনি।

রাইফল, তোপ মখোন মরক্তা
মিকপ মিরাওখোন্না থল্লবা
অশিবনা হান্দ্রবা মোংফমদা
তারি নাৎসী জয়ধ্বনি।

শাগৎলি চিক্লবা য়ুরোপকী থবাক্তা-
মীকোক্কি রাংলবা অল্লস অমা
ঈনা (চোৎনা) লুপ্লবা হিটলারনা
লাওরি নাৎসী জয়ধ্বনি।

সঙ্গিন পাল্লবা রাইফল চৈখোক্তা
নাৎসী ফিরান বেড়সদা পান্দুনা
য়ুংখৎলি অনৌবা আল্লস মতোন্দা
লাওরি নাৎসী জয়ধ্বনি।

মীকোক কয়া কয়া পুরকলি
অতৈ কয়া অমসু খোমজিল্লি
ফিরান মখোংদা হাপকৎলি
লাওরি নাৎসী জয়ধ্বনি।

(২)

মকোক ময়ামগী সিন্থরকপা
ফ্বোং ফ্বোং শাবা ঙাংলবা ঈনা
চেন্থরক্কি ফেসিষ্ট লৈপাকতম্না
উরগা নোক্কি নাৎসী নায়কনা খাক্লা।
ঈহৌরকপা ঈগী ঈচাওদা
থুম্লগনি মীকোক্কি আল্লস
তাওরগনি নাৎসীগী ফিরান
লুপ্লগনি ফেসিজম ভূমধ্যসাগরদা।
জগৎ অপুম্বা নিনগনি মতমদুদা
'শান্তি' 'শান্তি' 'শান্তি' খোঞ্জেন্না।
মতুংদা লাক্কনি শোয়দনা -
'শান্তি' 'শান্তিগী লম্বী' জগৎতা।

# মাতৃভুমি

থম্মোই রাজ্যগী অকোইবা সিমানা
প্রকৃতিগী অচেৎপা পন
চিংনা কোয়না খারিবা,
মপান রাজ্যগা লৈনবা মরী
ককথৎলি, কাওহল্লি;
নিংহল্লি লৈরিবা স্বদেশদনি।
মুনা নোংখোং ফৃইনা হৌরকপা
মপানগী অনৌবা নোংনা
থম্মোইগী চিং কুপশিল্লি
খংপেক খংই, – নিকই।
খঙলকই, মাতৃভুমিগী মপান্দনি,
হৈনৌ মপান মরক্তগী
নৌহৌনবা কুহু মন্ত্রনা।
রাখনগী চোংলকপা অনৌবা য়েন্নিংদা
নোং মরিক্কা ইশিং চাই
– পুংলকই, শংলকই।
নিংশিংলকই, পুন্সিগী অহানবা অয়ুক্কি
নুমিৎকা মাইওক্নবা বিদ্যাতক্ষম,
চৎলকইবা অচুম্বা লম্বী,
লাকমিন্নবা স্বদেশবাসী।
য়েকই, রূপ পুম্নমক রাখল লাইয়ুমদা
নুংশিবী (ঐগী) জন্মভুমি
ইমাগী হেন্না ফজবা মুর্ত্তি।
রূপ উগদবা করম্বা মতমদনো ?
নোংবু চৈহৎলি থিনা
– মতম চাদনা হৌদে কুমগী নোংনা,
উরগদ্রা ফজরবী মাতৃভুমি ?

# ঐদি কপ্পোই

জগৎকি খোংচৎকি লোন্নবা,
প্রলয় সৃষ্টিগা থংনবা,
লমদা থাগী থায়ায়দা,
প্রকৃতিগী নিংথিরবা লাইবক্তা,
আবিরনা ভাংনা তৈবা
অভাংবা সংসার উরগা,
চিক্লবা হৈনৌ বনগী
অভাংবা মপান মরুমদগী
কোকিলনা কপ্লি।

কেনা নান্না থোরকপা
ফজবা পুরুষ উবদা,
মহী, আবির খুত্তা
ভান্নরি প্রকৃতিনা কোয়না,
চাইরকপা আবির মহীনা
ভাংলে পুরুষগী মশা,
শেৎলকপা ফি মুনথ্রে,
প্রকৃতিগী জয় উবদা
কোকিলনা কপ্লি।

অভাংবা শংবা থাবন্দা
প্রকৃতিগী ফরবা খোঞ্জেন্না
শকলি পঞ্চমদা থাদুনা
লমদাগী ইশৈ নুংশিনা।

অরোনবা হৈনবা নুংশিৎনা
আবির' পুমভাং-ভাংদুনা
ইশৈ অদু পুরকলি,
নাকোং খুদিংদা তম্লরি।
(তারগা) কোকিলনা কপ্লি।
ঐদি কপ্লোই,
কোকিলদৌনা রস খংদে
মাগুম্বা ভাবোকসু নত্তে।
ঐগী নৌরবা পুকচেনসি
নুংগী পন ব্লাংনা খাগনি
নুংতনা য়ৈদুনা চনগনি
নুংগী নুং ওলহনগনি।
নুংগী থম্মোই মন্দিরদ।
পূজা তৌগনি চেৎনা।
ঐদি কপ্লোই।

# অতিয়া

নিতি কায়দনা উরিবা অতিয়া
ফ্রেমচনবা মিংশেনগুম লৈরিবা
বঙ্গ সাগর ময়ায়দা উখিবা
অতিয়া মপাক্কুদগী ককপরা?
ৱাখলগী মমি কয়া মঙোন্দা তাই
মিৎনকুপ্পদা শ্বাই শ্বাই মাংই।
কয়া অমসু কোইচেন চেনখি
নুংশিৎনা কোইচাই চাইথোকই।
কোচিন অমদা অমুক পুল্লুই
মরাইবক থিবগুম মরক্তা মাংখি।
কয়া অমসু ইনৌ নৌনা থোরকই
ইখং খংহৌদনা মঙোন্দা তিনখি।
থোংদা তুবৎ পাইখিবা নোংথাংসু
তিনখি মাঙোন্দা অদুমসু।
অসুম্না থোরকপা অমুক মাংবা,
তৌখি বঙ্গসাগর ময়ায়দা।
খেন্নবদি— অমনা মচেৎ উফম চনবা,
অমনা— মপাক উফম য়াওদবা।

# সমুদ্র

শংবানবা সমুদ্রগী ইশিং ইপাক্তা
অঙৌবা অশাংবা লৈই চিংলি জাহাজনা
নাপীগী অশংবা ল পাক্তা চৎপা খোংলম্বীগুম্না
চথলি লৈইনা অঙৌবা ইপোম চোংদুনা।

(রাংমদা) যাত্রী থারুরবা জাহাজ অমা,
লাকলি স্বর মপী হোন্দুনা খোংদুনা,
লাকলি লোক্তাক্কি ইপাক্তা ঙানুনা ইরোইবগুম্না,
মপাং শঙ্খ উবদা চংশিল্লকপগুম্না।

উনবগা অরাপ্পদগী লাপকৌ কৌনৈ,
খুৎকা খুৎকা লোন্নদুনা খুরুমনৈ
চাংজৌ লৈতবা ইপাককি ইয়ায়দা
নুংশিনরবা মরূপ অনিগী বিদায়দা।

সমুদ্রগী অয়ুক্কি তঙাংবা মাইথোংদা
নৌনা কারকপা নুমিৎনা নুংশিনা চুপ্পা
নুংশি তুজুং মনিকনা নিকপদা
চেল্লি মশা অপুম্বা সনাগী মহীনা।

অনি কায়নরমদাই নুংশি বিদায়দা
চিনগা চিনগা চিন্থেংননা চুপ্নবা
নুমিৎকি অঙাংবা মমিনা থুংনা,
চেল্লি সমুদ্রগী মশা পুমথুং থুংনা।

মথক্তা অশংবা অতিয়া মমায়দা
থোক্লি লংত্রিক লংত্রিক থরানমিচাকনা।
থাবন্না ফিঙৌ ফৌবদা তুমিন্না ফমদুনা
করিনো খল্লি নোংথক য়েংদুনা।

# নোংজুথা

মচু শংবা অয়ুক অমা
নাপু মচুগী নুপী অমা
নাপু মচু তৈরমই।

চাইনা তাবা শম্নাংনা
নুংশিৎকি ইপোমদা
অমুবা লিন ময়াম লেং লেং চৎলি,
নাপু মচু মরক্তা।

থৌদা ঙাইদবা নুংশিৎনা
ইশিং হোল্লি কন্না
ও-রো ও-রো হৈথরকই।

শম লিন লেংখিদ্রে
নাপু মচু চামথোকখ্রে,
নাইন নোংথাং কুপ্লকই
মচু শংবা অয়ুক্তা।

পুমচোৎ চোৎনা লেপ্তুনা
চোৎলগা হেন্না নিংথিবী
অচোৎপা মতৌনা পুক্লিং হুই।

মকোক মথক্তা খাল্লি
নাপু চনবা চুমথাং অমা
লিরুং শানা কোন্না
নাপু মচু মরক্তা।

অরাংদগী ইশাং শাংনা
পাইরকই খেক্তুনা
কুম্ভিরগুম্না ইরাও রাওনা;

সংসার য়োৎকদবগী
মখায়াৎ ফাকতোকই
থক থক নিকনৈ কিবনা
মচু শংবা অয়ুক্তা।

# নুংথিল অমা

ফি থোংবা য়াদ্রে,
হরিনোংনাংনা থোইনা য়াকহল্লে
থোইদৌ ফুকলে –
অতিয়া ফাওবা কেমলে।

মপুক য়াং নপল্লবা,
শরুগী মুর্ত্তিনা
মখাদগী লাওই –
'চেং পিয়ু খুজোক অমতং।'
মথক্কী শরুনা লাওই –
'তানিংদে, – তুমিন লৈয়ু।'
লাম্লবা য়া পরেং মরক্তা
থৌরবা সঙ্গিন মতোন্না -
ইরং ইরং চোংই
শরু মখৈনা তেংথাই।
তায় নোকপা অমা
মীকপ মীরাও নমহত্তুনা,
ভুত প্রেতকী মিনোককুম্না
পোৎলোইফম মোংফমদা।
কোকিলগী খোঞ্জেনসু
নুংশানা কেমলে।
নুংশিৎ কেম কেম লাওরে,
মকুপ মকুম পাইখ্রে।



মৈতান থোকপা লম্বীদা
শরুনা শোভা যাত্রা চৎলি
রাংনা শকই –
"চৎসি চৎসি -ঐখোই পুন্নমক
মাতৃভুমিনা কৌরে ঐখোইবু ;"
কেমলে পাইস্রে লোইনা
মকুপ মকুপ ওইনা
নুংশানা চাক্লবা
নুংথিলগী মৈশাদা।
রাংনা– অমুক্কা রাংনা শকই–
"মচা নত্তনা মমাগী অরাবা
কনানা কোকহনগদগে!"
শড়ক ময়াগী শরু ;
লৈনুংদা লৈবা শরু ;
শরু ময়াম্না লাওই,–
–থরাইশোকনা লাওই–
"লাইবকথিবা মিনাইগী জাৎ।
লাইবকথিবা মিনাইগী জাৎ।"

# অহিং

অহিং অসি চোংখথল চিংথক্তা
মথং মথং চিংদুমদগী চিংদুমদা।
লাঙ্গোন্দগী চোংখি নোংমাইজিংদা
মাংজোং চৎপগী মচোংগুম্না।
খংহৌদনা চোংখি কৌব্রু তম্না,
য়েখিবদনা উই লাইমতোন্দা।
ঙাইহাক ফন্ ফন্ চোংলম্নগা –
হুনখি লাইমতোনগী নমলোন্দা।
মহাবলীগী শেকপি পাইথোরকই
মশাদগী অমম্বা মকুপ খিকথরমই।
খোংনাংবটসু মুনা শরুহল্লমই,
নিংথেম পুখ্রিসু অমুবা শংলমই।
মখোইনা চিক্লবা তাই পুঙদোন্দা
মুন্ত্রিক মুনবা পুঙদোন মুন্নবদা।
য়েংবদা, অহিংগী মশা অচৌবনা
পুংকুপ কুপলম্মে অতিয়া অপুম্বা।
পারবা মশা খপলমই পাইগদবগী
জগৎ-মুনিতদি ফমদুনা ধ্যান তৌরমই।

# ফিলম

(ঐগী) মমাংগী মিহুৎ মুমন্দা শান্নে –
            সিনেমা ফিলম,
নুংশিৎনা য়ৈবা গুলাপনা হাই
            লেংনিং লেংনিংদনা।
লৈ মরক্তগী থাকখি অঙাং দল অমা
            লাইরিক য়েপ্তুনা,
মতুংদা পাবোৎপুবা নুপা কয়ামুক অমগা
            নোমহৌ নোমহৌ তৌদুনা।
তুংদগী মোটর অমা খোংদুনা চেনখি
            তকখ্রমালে নিংই।
মাংদগী একাগাড়ী অমা তুবৎ থৌখি
            চাকা হাইফেৎ উহৌই।
লৈ' শাড়ি শেৎপি নুপী ময়াম লাকই
            লৈনা কানশিনখ্রে।
রিক্সা অমা লৈ মরক্তা চংশিনখি
            লৈনা ফাজিনখ্রে।
তন্দে মান্দে শগোলগাড়ী অমা চৎখি
            গাড়ীরালানা শাজে থাখি।
রা-শগাই ফিভৌকুপ্লমা পুখি
            শ্মাশানদা মাল্লি।
নুমিৎনা অমুবা য়ুখল থাদরমই
            ইরমই - "বিদায়"।
নিতিগী অনৌ অনৌবা ফিলম শান্নে,
            (ঐগী) মমাংগী মিহুত্তা।

# ডিসেম্বর' ১২

ঙসি অহিং লেপ্লে,
নুমিৎ অমা চৎথ্রে,
শম পুনশিল্লু দেবী
ইফা ফারিবদো।
ডিসেম্বর' ১২ অমা হৌথ্রে,
ডিসেম্বর' ১২ অমা লাক্রে –
কাউরব্রা ?
থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা ?
নিংব্রা নুমিৎ অসি লাক্কনি হায়বা ?

# মং অমা

কনাগী প্লেননো পাংরিবা
হাথু হাথু নংহৌরোইদবগুম্না !
হংসিরা, কদাইদনো,
কদোমদগী লাকপনো !
পাও অমা তা-লাকপ্রা,
অরা লৈপাক লোইখ্রে হায়বা !
ইরাবতী খোংনুংদা হাইগৎখিবা
নিংথি ইখাইদা কাখিবা
জাপ-সিপাহীনা –
চৎখিদুনা নিংথি রাংমা
নোংপোক ভারত-ব্রহ্মা লম্বীদা
য়ৌখ্রমালে মণিপুর-স্না লৈপাক্তা।

বম তোপকি গুলিনা –
মী মকুপ মকুপ পাই নুংশিত্তা।
নুংশিৎনা পুখৎপা ঈ মরিক্লা
চুরকই নোং ওইনা লৈপাক্তা।
মী মকুপ মকুপ্না ঈদা তোত্তুনা
লৈখোম থোকই মীশানা।
অঙাংগী থবাক্লা ওইখ্রে
সিপাহীশিংগী চান,
সঙ্গিনগী থিনফম।

নুপীগী হকচাংনা
কবাকথাং ছুরি মথৌ য়েংফম,
সঙ্গিন মতোন চাং য়েংফম।
নোংচুপ ইউরোপ্তা,
নোংপোক এশিয়াদা —।
মচা মরা কাইনরবী নুপীশিংনা
মখুৎ য়ান্দুনা চৈ- থরাই শোক্না
অরাবগী তেংথা-খোঞ্জেন,
খোঞ্জেন্দু নুংশিৎনা পুরকই,
ভুমধ্য, লোহিত, আরব সমুদ্র রাংমদা
চিং পাৎ তুরেল কয়া লান্দুনা।
উনগী লৈপাক্তগী পুরকই
হিমালয়গী রাংমদগী।
অদু ফাওবদা ইংদে,
ইংদে, উনসু মৈ ওইব্রে।
"হোল্লিবা স্বরদা মী মকুপ"
"থক্লিবা ঈশিংদা ঈ মরিক।"

* * *

ঐদৌনা মী কয়ানা,
অসিগুম্বা মংসি মংলিগবা
চেকপন মনুংদা।

# কারখানা

অতিয়া মৈখু মচু শংলে,
নুংশাসু মৈখু মচু শংখ্রে।
থোংদা মৈখু চুবা মীনা –
মুসুক মুসুক ভুতপ্রেতকুম্না
চংথোক-চংশিন তৌরি,--
মখোই লোইনা মৌনিনি।
(মখোইগী) মৈখু চুবা থবাক্কি হুমদাং –
মশিং উথলি মথং মথং – ।
লুখম পক্লবা মিৎতা
য়াল্লি শেগাইবা মৈখু চুবা পা।
মপুক্না য়াং তপনপখ্রে;
খুজেনা তৌরা মওইরে।
মখোইগী পুন্সিদা লৈকাং চুরে
অঙৌবা কৌবা মচেৎ'মা পক্রে।
লোকলৈ ষণগী গাড়ীনা
পরেং থারি থোংজিন্দা।
খুদৈ খোংদাই ফিজেৎ ওইবা
অরাওবা মী কাংবু অমা
থারি কোকথোং কোকথোং–
মখোইগী মকোক্তগী মথং মথং।

মখোন ফাইরে চাদবনা,
পোথাবা ওইরে ফমদুন্না,
মখোইগী পুঙ্গি রাওরে –
অঙৌবা মচেৎ অমত্তা পক্লে।

মৈখু চুরবা মকোকনি –
উফুন্না রাওরবা পুঙ্গি
পুঙ্গি লক্ষা লক্ষাগী মরক্তা;
ঙৌরোক ঙৌবা পুঙ্গি অমা,–
অরিবা দুনিয়াগী মূর্ত্তিদা।
করম্বা কান্দা নিংনখ্রবা,
কনাগী মংদা মংখ্রবা
মী লক্ষা লক্ষাগী অপুনবা
অনৌবা দুনিয়াগী মূর্ত্তি অমা।
অপুনবগী ওইবা কারখানা -
মৈখুচুবা অরাওবগী লৈপাক্তা।

# খোংবু

খুত্তা হাতকড়া, খ্বাংদা থৌরি,
সিপাহী ছন্ত্রি তুং ইল্লি।
অদুদা লাল্লকপা খেরা (খেওয়া) দু
সুরমাগী ঘাটসিনি - অদো।
হাকৃম্মগী লমদা সন্ধ্যাদা,
"টু" "টু" চৎসি হৌরকপা,
খোঞ্জেন অদু মহৌশা খংই,
অদুঙেগী খোংবু অদুনি,
সুরমা রাংমদা লৈহৌবদুনি।
খংই, শোয়দনা ঙাইরমখিনি।
অদুননি পাও হায়খিবা
"নোঙমৈ অমগী অসুঙৈদা"।
হাফলং চিংয়া লাকমিন্নবা
থেক্লা খোয়না তুং ইল্লকপা
বদরপুরদা লেপহৌবা
লৈই চিংবদু-ঙাইরমখিদ্রা ?
কুলাউরাদা খাইহৌবা অদুদি,
ঙাইরম্মরোইদ্রা – মহাক্তি ?
মখ্বাংদা জঙ্গল শেৎপা
মশমদি চপ চপ য়ুংবা
তাশাং পায়ব'মা লৈহৌবা, –
অদুদগী খরদং লাপ্না,
লৈ য়াম্না পামজবী,
লৈনা পুময়োম য়োম্বী
ফিঙাং শেৎপি ময়াম লৈহৌবা;
মনাক্কি তুরেন্দা ঙা চাহৌবা,
ইশাং শাংবা লম্বী থৌরিনা
চিং ময়াম পরেং পরেং লেংহৌবা,
অদোমদরা কদোমদনো চৎলো
ঙসিনি অদুঙেগী 'নোঙমৈ অমদো।'

# উচেকমক্তা ওইরম্মবসু

হি ফানা কায়নরবা,
থাবুম কয়া পাউ ফংদ্রবা,
ঐগী নুংশিরবী মাতৃভুমি;
ঐগী নুংশিরবা দেশবাসী –
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

রাখল অতিয়া পুক্ষাং হাংই,
লৈচিনগুম ইচাই চাইখি,
অয়ুক্কি থরানমিচাক্কুম মুথখি,
সমুদ্রগী কোঙ্গোলগুম তাকখি।
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

চেল্লকই জুনগী নুংশিৎনা
হিস হিস হায়না লৈ-লৈদুনা -।
মুসুক মুসুক নোং মপৈনা
পাইরকই গ্রং গ্রং লাওনা,
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

অশিবগী লৈপাক্লম কিনখ্রব্রা?
নরক কুন্ডগুম তুজুংনখ্রব্রা?
..ম্রাজ্যবাদ ফেসিষ্টগী খুদুমদা
লৈখ্রব্রা মাতৃভুমিদো মিনাইগুম্না?
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

ফেসিষ্টগী বমগী মনুংদা,
য়াওরক্লবসু মাতৃভুমিগী বার্ত্তা
হোগাই হোগাইদুনা থিগনি
বম লক্ষা লক্ষাগী মরক্তগী।
কনাদনো হংগদবা?
কনাদগীনো তাগদবা?

গ্যাসবমগী মৈখুনা পুরক্লবসু –
ঐগী দেশবাসীগী বার্ত্তা অদু,
চিংশিনগনি চিংনবা লৈতনা,
নুংশিরবা হৈনম লৈনমগুম্না।
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

হায়! সামন্ততন্ত্রগী দোরি,
তোল্লি, মীখাপোনবগী থৌরি
মীওইবগী অধিকার লেতবা
মশাগী স্বাধীনতা ফংদবা।
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

(ঐনা) উচেকমক্তা ওইরম্মবসু
পাইদুনা য়েংলমগনি অমুক্তসু
ঐগী নুংশিরবী মাতৃভুমি
ঐগী নুংশিরবা দেশবাসী।
কনাদনো হংগদবা ?
কনাদগীনো তাগদবা ?

# ঠিকানা

কলম কালি লুপ্লে,
মাংদা চে থারে,
কলম লেপ্তুনা খল্লি -।
কদাইদনো ইগদবা?

য়েৎতা য়েংই হাংই,
ওইদা ফংই হাংই,
নিংমাং পুক্মাং হাংই,
কনাদনো ইগদবা?

ইসি কদাই অমা'মা
খ্বাইদৌনা অদু'দা।
অহাংবদা ইগদবা অহাংবা।
করিনো ইগদবা?

অহাংবদগী হাংনা লাকপা,
ইহাং হাংবদা থুংলবা,
অহাংবগী অহাংবা ভাক্তা
কনাদনো ইগদবা?

মীদি পংই ইনৈ,
দাগঘরদা পংথা থানৈ,
মাগী মীদা পংপি পিনৈ।
কনাদনো ইগদবা?

ইবা হৌনরিবা 'শ্রীহরি' –
লোইশিন্নবনা 'ইতি'–
ঠিকানানা 'মনমলোমদা'।
কদাইদনো ইগদবা?

# ঐগী হেমোদো

মশক্না থিরিবা, মুবনা মুরিবা,
তুমগনবদা হা নিংঙাই লৈতবা,
হিদাক হানগনি ঙাম্বক পুখি;
থুরকউ, লাকয়ে লাকয়ে হায়রম্মি,
লাক্লে কদাইদনো থিনবদা
সিড়িদা ফমদুনা তুম্লম্বা।
কৈথেল চৎলু থুরকউ থাখি,
তুরেন্দা ইরোইদুনা শান্নরমই।
চৈ চাবতনা শরুক ওইবা,
চৈরগা কপ্পতনা মথৌদাং ওইবা,
ঙাংদা ঙাংলগা ওইনদুনা চৎখিবা,
কোইথি থিনবদা অহিং তুমদবা।
ঐ হেমোদো।
চৈ চাবগী মতিক চাবা মনিং থুংখিদ্রবা।
চৈবিবগী মতিক শেৎপা মনিং থুংখিদ্রবা।
জেলগী থোংজিন মপান্দা লেপ্লগা
ঐবু য়েংলগা লৈথোক্লুনা –
মমিৎ ইরা চেন্দুনা চৎখিবা,
হন্না হন্না য়েংদুনা হনখিবা,
ঐগী শকথিবা অমুবা হেমোদো
ঐগী অপংবা ওইনজাওবা অঙাংদো।
ঐনা হায়খি মাগী মমাসিজদা
হেমো, রোহিণী, "চৎহল্লমগনু অতৈদা।"
থম্বা ঙমদ্রমালে নিয়তিগী খুঞ্জিন্দা
ঙসিদি তারে মহাক চৎখ্রে হায়বা।
ঐগী হেমোদো।

# মৈতৈ লৈমা

মচাচানবী মৈতৈ লৈমা!
অরা নুংঙাই, পাপ পূন্যদা
নচাশিংবু মী ওইহনবীয়ু
তম্পাক্তা কোন্দুনা থম্বিরনু।
চথখিসনু চথনিং চথনিংবদা
থিরুসনু মা' মানা পাম্বা।
য়োকপীরে মপাঙ্গল চাওনবা
থেংনরুসনু অরা নুংঙাইবগা।
মচা লক্কা মঙাগী মমা,
মচাচানবী মৈতৈ লৈমা!
থম্বিরনু নচাশিংবু মৈতৈ ওইনা
মিরক তিলহনবীয়ু থাদোক্কুনা।

# তোকঙা

অসিরাইদা নুপী অমা কপহল্লমই,
লংফৈদা হিংলিবা মচা হাৎতোকই।
অসিরাইদা ময়াম অমা নোকহল্লি -
ওইদবা মী অমা ফম থিন্দোকই।
মচি অমদা খমথেংনা কিহল্লি,
অশিবা অমা হিয়াং 'থৌবা ওইহল্লি।
পোকপনা মকোকখিত্তং তোংবা
থোকপনা পোকলে ব্রহ্মা অমা।
মশা চাদনা মতু চিনহল্লি,
মাইকৈ মরী রা রা শরা শল্লি।
অসিনি অদুনি লৈতে অরেপ্পা মুর্ত্তি—
চিহ্নিবগী চিহ্নানদা ইংখোনবী।
লান্দ লাল্লবসু দোষ থিবিদে
চেক্তা চেকশিল্লগসু শ্বাই, লৈতে।
মানা য়ৌদবা মফমসু লৈতে –
য়ৌরোই হাইনিংঙাইসু লৈতে।
চিল্লবা কারাগার মনুংদসু অদুমঙাই
কল্লবা শাসনগী পন্নুংদসু অঙ্কানি।

# নিত্যাইপাৎ চিথেক্তা

পাৎথবীদা তারবা থাঙ্গপাৎ ময়াদা
কোনুং অমনবগী কিন্থুরবা লৈপন্না,
নিংশিংহল্লি থাইনগী রারম কয়া।
রাংমগী অমনবা নিত্যাইপাৎ চিথেক্তা
মাংদা অমোৎপা ফি শেৎপী
অকক্নবা চাদবী ভিক্ষানিবী-
শেগা ওন্থনা পোরিবা মচানা
অমৃত থকই, নোকই য়েংলগা।
ঈশ্বর, ইবুংঙো নহা[illegible]ু লৈব্রা?
ইবুংঙো নহাক্কি মায়াগী লীলারা?
পল্টনগী কাংশি কাং কাং য়ৈরে
পুং তরামাথোই অফিস মতম য়ৌরে।
ইফিং ফিংনা লাম্হোকলে একা ফৎ থৌদুনা।
কোক্কী ফৈয়েৎ খিত্তং নম্লগা।

# রমেশ

খংহৌদনা থুংলরে অতিথি অমা
ঐগী শ্রীহট্ট জেল, বাঙ্গলাদা।
তাঞ্জাদৌরা অহিং ওইবা,
লৈবা দৌরা ইথন্তা ঙায়বা–।
হরাও নুংঙাইবগী মরক্তা
তৌরমই অতিথি সেবা লুনা।
খাইরে চাননবা চাক ইনশাং
হাপলে লৈজবা শঙ্গোম খরদং।
ঐগী নিরামিশকী থৌরাংদা
চাখি শঙ্গোমদংদি লোইনা।
তাংনা ফংবা শ্রীহট্টগী অতিথিদা
হংলমই বাঙ্গালা লোন্না
মরূপশিংগী দানদগী কাইদুনা।
'করম তৌই মথোং চাদ্রবরা?'
খুমই অতিথিনা শুপ্নগী 'ঙা আউর',
ঙা চাদবা ঐঙোন্দা "ঙা আউর!"
গুদামলোমদগী কৌরক্লে রমেশ,
(ঐসু) হায়খি হয়েংসু লাকউ রমেশ।

# অতুম্বগী লৈপাক্তা

খংদে, অতুম্বগী লৈপাক্তা

করি মংবু মংলিগবা!

করিগুম্বা মংলম্ববদি মং অমা

অদুসু করম্না হায়সিবা !

অঙাংশিংনবু পূন্না লাওরিগদ্রা -?

"নুংশাও থোরক্রো -

উরুমলৈমা [illegible]খরো।"

নুংশানা অমুক কিদনবা থেৎলিগদ্রা ?

"ফেসিষ্ট লাক্তে –

কিফম লৈতে –

নুংশাও থোরক্রো"

অতুম্বগী লৈপাক্তা।

# ডিমাপুরদা

অহিং অদুসু মহৌশাগী,
অমম্বা অদুসু কৃষ্ণাগী,
ষ্টেসন হায়রা অদুঙৈগী,
কুলি ফংলা কুইরবা,
ধর্ম্মশালাতনি অনৌবা।
গৌর-সেবকশিং লৈরম্মে
ধর্ম্মশালাদা উনরে।
পাইশিনব্রে মিং অনি
চাক খিল্লিবা পুখম তম্না,
থেংনহল্লে থুনা পূক্তা
গ্রুং গ্রুং চেল্লম্বা অরাম্বগা।
তুফান মেল থুংলরে,
যাত্রিকশিং হৌদোক্লরে।
য়োৎ, থাং, শিংজং পায়খৎলে,
ধলেশ্বরী মপাল তম্মে,
লম্বীনা লমজিংলে–
মঙ্গুম্বা চৎলি, অশিবদি য়াওদে।
থা অহুম চুপ্না লৈনুংদা,
উরিক লুগুন চেৎনা কোন্দুনা

# অদুমক্তদা



অহল ওইনা পোক্লক্তে
হৌজিকসু অহল নত্তে।
মরকসিদা উরি তত্তনা
চুমদবনা নৈবা কয়া কয়া।
অচুম্বগী শাগল হিকথরে
চুমদবনা মফম শিনখ্রে।
মিৎ তাংশিন্না, না পংশিন্না
অচুম্বা কয়া নমহত্তুনা—
ওইহল্লি য়োঙ্গিংনা সনা
দাননি জেল খানানা।

সহর খুঙ্গং নিংথিবা
ওইখ্রে মরু মীতাদবা।
লম্বীথোং মশক উদ্রে
তিনকাং ফাওবা হিংদ্রে।
ফৌনা শংলবা লৌবুক
লৈনা শাৎলবা লৈকোন
ইনশাংনা থল্লবা ইংখোন
লোইনা ওইখ্রে মোংফম,
গুলি হিদাক্তি পুক্কেদা
নোংমৈ সঙ্গিন মপান্না।
হায়! অউবনদি উরি
খাকনা খাকনা নোকলি।
অদুমক্তদা জগৎসি পাল্লি
মহৌ-মহৌশানি নিংলি।




# বন্দিগী পুন্সি

রাত্তবা ঙাকনা নুংঙাইবা নত্তে,
শেংপা ঙাকতনা ফজবা নত্তে।।
পিজবদনা পেন্নবা নত্তে
বন্দিগী পুন্সি নুঙাইবা লৈতে।।
মনিংতম্বা পাম্বা জগৎকী জীবনা
মীখা পোল্লবদা রাদবা ঙমদে।।
পোকপদগীনা শীবা তানবদা
মীখাদা পোল্লবী নিঙোলগী মপোকনা,
অমুক্কা পর্দাগী মরুমদা লোত্তুনা,
নুরাগী পুন্সিদি রানা লেনখ্রেদা।
পিশকপিকঙৈদগী পুংককপা ফাওবা
পন্থৌগী মরুম থুপ্তুনা হিংলে;
মথোন কারকপগী নুঙাইবা কালদা,
চৎনবী ওইনা পর্দাদা থমলে।।
থংলেন নংগী রাখল তৌরুবদা
কবিগী কলমদি পন্দুনা লৈরে।।
নরৈপাক্কী ঙমখৈ অকোইবনা
নুরা নহাক্কীদি পৃথিবী ওইরে;
নয়্মমগী ফকলাং শুংদাই মরিনা
লাইবক থিবী নংগী নরৈপাক থমলে।।

---

শৈরেং অসি ইরাবতনা শ্রীহট্ট জেল মনুংদগী তাং ১৩-১-৪৩ ইংদা ফংবনি।
মহাক্কী ইমাগী পূজা মেনুস্কৃপ্তা ফাজিন্দুনা থম্লম্বদগী ফোংদোকপনি। - অফোঙবা

